# ঈখৌ-লাংবী

## নীনি পানবা থাজবু উরগা

"থাশিগী অহিংদা ওইরসু
গ্রহগী লমদা চৎলসু
খুৎশম্নবীয়ু ঐবুসু—
পুন্সিগী অশেংবা পুম্বসু
খঙজখিগে ঐহাকসু।"
(নীনি পানবা থাজবু উরগা, লাঃ ৭)

## ঐগী চাম্নবীদা

"নঙগী— ঐগী— মাগী
মুংশিবা মুংশিবতবু ঈখৌ-লাং
ওরাং ঐগী রাখল
ঙসি ঐগী থম্মোয়
হয়েংগী দমক রাহৌই
য়াইফ-রাখল খলহৌই
'সিমদি কাউবীনু।"
(ঐগী চাম্নবীদা লাঃ ৩৩)

## অপাম্বা

"ঐগী পুক্নিং-রাখলসে
অচুম্বা ঙাক্নি তাকপীয়ু
অরাবা পুম্বা খাঙজগে!"
(অপাম্বা, লাঃ ৫২)

EKHOU-LANGBEE (1983-1988)
A Collection of Manipuri Poems

*By :* R. K. I.
Bantarapur, Sundari, Cachar (Assam)
Pin-788099

অহানবা ফোঙবা : ডিসেম্বর, ১৯৮৮
অকোঙবা : আর, কে, মদন, বনতারাপুর
কাছাড়, আসাম - ৭৮৮০৯৯ না
দি ইয়ুথ লিটেরেরী ফ্রোণ্টগী দনক্ত কোঙবা।

নম্বা : পদ্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বজার, ইম্ফাল
মথুম য়েকপা : য়ুম্নাম গুণিন্দ্র সিংহ
আর্টস সোসাইটি, মণিপুর
ব্লোক শাব' : এন, মঙ্গী সিং এণ্ড সোনস
কৈশামথোং এলাংবম লৈকায়, ইম্ফাল

মমল : লুপা ১৫/- (তরা মঙা)



---

অইবগী অতোপ্পা শৈরেং লাইরিক :
লৈ শাংলখিনি, খোইমু ইল্লখিনি (১৯৮২)

ঐগী পূক্নিং-থৌনা কয়া শোগৎপীখিবী

কবিতাগী ঈহৌ কয়া হাপ্পীখিবী—

ইতৈমশি পদ্মা, ইচেমশি রানীস্না, ইচন-মুপী কমলাস্না

থোকচোম-চনু অঞ্জনা অমসুং গুরুময়ুম-চনু সঙ্গীতাগী খুত্ত—

## রাহৈ খরা

লাইব্রিক অসি ফোঙজবদা তেংবাঙ পীবিরকখিবশিং
আকাশ-বাণী অমদি চেকোঙ্ কয়াগী সম্পাদকশিং
থোয়দোক্না খুদোংচাবা কয়া পীবিরিবা
পদ্মা প্রিন্টর্সগী মরূপ-মপাঙশিং
লোয়ননা লাইব্রিকী মথুম য়েকপীরকপা
পূন্নমক্ত তৌবিমল খঙবা উচ্চরি—।

বানানগী মতাংদা ইউনিফোর্ম ওইনবা চ্যেকশিন্ন হোৎনজে অমুবু প্রুফ-রিদিংদা থেংনহৌদবা অন্নানবা খরসু য়াঙথোকপ্রে অসিগী দমক লাইব্রিকসিবু পাবিরিবশিংনা ভাকপীগনি।

অইবা

# ঈখৌ-লাংবী

## নীনি পানবা থাজবু উরগা

নীনি পানবা থাজ নঙবু উরগা চীং কানিংঙি
থাঙবগী চেংজেলদি লোয়ত্রিদৈ অবা-পোৎলুমসে পুত্থনা।

পূর্ণিমাগী অহিংদা নঙবু তরাম্না ওক্লমগে
নঙগী খোঙলোয় ওইনবা থৌরাং কয়া তৌরমগে ;—
কাউথ্রবস্মু অহিংদো হৌদোকপীরম্মু ঐহাকপু
নঙগী মাইকৈ য়েংহনা নতুং ইন্না লাকচগে।

থাশিগী অহিংদা ওইরস্মু
গ্রহগী লমদা চৎলস্মু
খুৎশম্নবীয়ু ঐবুস্মু—
পুন্সিগী অশেংবা পুম্বস্মু
খঙজখিগে ঐহাকস্মু।

১৯৮৬

ঈখৌ-লাংবী

## ঐগী ইম্ফালগী চায়বী

ইম্ফাল তুরেলগী তোর্ব্বান্দা
নঙ-ঐ উমখিবা মিকুপ্তা
থঙজহৌবনি,— কোলোয় নঙগী ;
মিকুপ অদুনা থম্মোয়দা
নীংশিংহনখি য়েলহৌঙৈগী-বা।

ঙসিদি
ঈচেলনা ঈমায় পাদুনা
ইম্ফাল সহর ময়ায়দা
ইতিহাস কয়া লেঙগোম্না
শাররবদা জগোয় ঈনাৎকী—
কৈদনো তোর্ব্বান্দগী ফজবা
অমুক কৈদনো খোরাংবা.... !

ত্যারি, উরি হায়বসি মঙাই
গুম্নগী-গোবিন্দগী কাংশি-মখোল,
পীরোয়নবী কনাগী মায়খোঙ ;
অদুগা লেঙদনা লৈরি—
অয়েকপা শকুম অমা,
মোইরাং-খোইবীগী ইতিহাস।

১৯৮৬

## শকখঙদবা

কবোক্লে লৈনম্না হারবা ঈচীক-হুন্নবা মুমিদাং
নঙসে ওস্থোক্লা লাইবক ফৈনকো !

লুপা-মহীনা লাল্লবা থাবলদা
চেক্লা কয়াই শৈরোল লক্ত
লিরি-হুম্বা মালংগী তাম্থাদা
নঙদি, পেল্লরিনি হায়নিংঙাই লৈতনা।

মতমগী য়াওনসিদা—
মিকুপ 'সিমদি ঐস্থু পেল্লবনি
থম্মোয় ঈখৌ-লাংলবনি
অনৌ-অনৌবা আশাতনা ;
অতুবু !
অমম-অঙানগী খোঙচৎসিদা
করম্নবু পেনগনি—
থাবলগী চোইজায়নরবা অমুবা-শন্নাংবু উয়গা।
১৯৮৭

## খোঞ্জেল

অমুম্মা 'সুম
কয়া কুইনা ঙাইখিনি
অসুক শাংবা অহিং—।
থাজসু থোক্লি হায়ববু মঙাল য়াওদে
নঙ-ঐগী শক-মায় ফাওবা নীংথিনা উহন্দে ;—
থাজসু মুশি মুশি
থাখলসু মুংলি মুংলি।

নিল-খোংবা তাজে—
শুমাংগী কৌজেং-হাঙৌনা খোংবা
মরক-মরক্ত অহিং-চাক্তাবা-চেক্লাশিংগী খোঞ্জেল
মাইকৈ অমাংরামদা ফুইনা-হৌরকপা-নোং....!

হৌজ হৌজ মীকপ থোকই থৌদাং কয়া পাওবগী
অতুবু— নোংঙাজ্রি, লম্বী থঙদ্রি !
খোঙলোয় ওইদৌবা চারাম্নরবা যাত্রীক মথৈ' নীংঙাইদনা তুম্লি ;
নত্তে, হৈত হৈত অহৈ-শা
মাকাইরোলবু শকশিরা মীকপ থোক্লবা
নমশাং চৎপগী' শেম-শাসিরা
মীতাই পাউতাক তুংওইনা থম্লগা
নিংথৌরেল অশোক্কী বারীবু নীংশিংসিরা !

মতমসিদা— প্রমিথিউসগুম্না

অথৌবা লুচিংবা অমত্তং শিন্দম্বীনবা, শিন্থাকপীনবা
খ্বহীদশিং য়াওনা হৌদোকপা ঙম্বা—
থম্মোয়সে কয়াম্তা পেনগবা !

কনা কনা লৈবগে ঈশৈ শকশি
কৃবিহৈবা মাবু ঈরাৎ-পূজা তৌশি
করিনো অমদি তৌশি
করিনো অমদি তৌশি—
নোংঙাল্লমদায় খোংবা চেক্ল'শুম
হৌনা শকশি নুংহিক্লা ময়াম পুম্না
খোগনশি, খোনিশি থম্মোয় চেৎনা
অমম্বসে অঙাম্বনা.... ।
১৯৮৬

## অঙ্গুবী নুমিৎ মঙালদা

নোংপোক থংবা অতিয়া
চাংঙানববা কোরৌগী মশেক
ঐনা উখি অরাপ্পদা
পুন্সি-শিংবা পাঙত্রিবৈ অঙম্ব-অমুক্তো।

অনকপদা অমুক য়েংলম্মি
উখি—লোইবী চীংশাং পরেং
অময়োমদা— মম্মি শামগ্রবা থাজনা
মেঙ্গ অনীগী লংদাইদা
নাইতোম তাবা যাত্রীকুম
মীংবা কায়না য়েংলম্বা।

মুংওইননা অমুক য়েংলম্মি
অরাপ্পদা উরম্মি—
নোংচুপকী অতিয়া মকোয়দা
অমুকী নোংহৌগা লোয়ননা
তথক তথক পাইরম্বা
উরোক পরেং-পরেংনা
চুমথাঙগী পল লাম্দুনা
লোইবী-চীংশাং পাংলকপা।
মীকপ-মীরাউখোল মরক্ত
অবা-শৈশক কয়াম্বু
ইনক-নঙ্কা তারম্মি। ১৯৮৪

শম্ভম্ন রাঙমদা

## নঙগী-ঐগী-মাগী

নোংমতা লেপ্তে খল্লিবা ঐনা
মসিনা ঐদি রায়বনি— রায়বা !

নোংমদি চৎখিনি— নঙগা কায়নহনা,
নোংমদি চৎখিনি— মাবু থাদোক্তুনা ;
মতম'হৃদা থম্মোয়সে পেল্লগত্রা !
মহুনা পেনগদবা নত্তে—
নোংমা নোকমিন্ন'খিনি পুন্না অমুক্তং
ওইজরবস্থ শুপ্নগী মিকূপ অমতং ;
মহুনি ঐগী অপাম্বা
মহুনি ঐগী অনীংবা।

মরুভূমি— লৈকংলাস্থ নত্তবা
অহুবু, অহুদগী' হেন্না তমথীবা
চ্যেকথায়দোরবা তম্পাকসিগী শক্তম,
তাহৈত্রবা মাগী অবা-বারী—
শরুগী-চীং, শরুগী-মীকপ অস্থম 'স্থম হেনগৎলক্লি
কনাদা তাইনরুনি নঙ-ঐতগী ইরাল লঙজরুবা নত্তনা!

নোংমা তাহনখি অনৌবা খোঙেস
নোংমা ফাওহনখি অনৌবা-চৈনা—
ঈশিং-মুংশিংস্থ মপূকচেল শেংলক্লবা

মখোয় য়াওনা ঐগী মায়োক্ত লেপথ্রবা।

মিৎয়েংকমসিদা তশেংনা লৈত্রবস্থু
ভরং তরং মিৎসিদা উহস্বা ভমদ্রবস্থু
পূক্লিং রাখমদি লেপত্রি শারিবা দলান
মসিস্থু য়াওনা নীঙখায়হনগে খনথ্রব্রা,
মঙলানগুম তরেস্বা তাহল্লগে নীংথ্রব্রা!
মতু— ওইথোক্তবনি কান্নদবনি, নঙগী রাখল ;—
থম্মোয়গী লৈচন কয়া থিদুনা
মুংশিবগী লৈতেং কয়া হাপ্তুনা
শারি, শাখিনি অনৌ-অনৌবা চীংশাং
মীমুংশিগী-চীং হিমালয় কয়া কয়া।

কবি রাংলি—
মকমসিদা মুমিৎস্থু থোক্লি— থাজস্থু-ভাল্লি ;
নঙ-ঐতনা উবা নত্তে উরমগনি মাস্থু
খল্লমগনি নঙ-ঐগী রাখল কয়া
চেল্লমগনি তোয়না শাস্তিগী পাউজেল
ভেংথারমগনি মদোম খোঙ্গাং-য়ৈনা
উপায় লৈজদ্রবা থম্মোয়নদি থম্মোয়গী... !

অনকপদা অরাপ্পদা অকোয়বদা
মথল-মথা শম্বল-রাঙমগী রাঙমদস্থু
কয়ানো তারি-উরিবা—
মুংহিক্লবা শরুগী-মীকপ-মীরাউখোল ;
লাম্মৈ চাকপগুম রাংনা চাকখৎলক্লিবা প্রলয়গী-মৈরি ;

অহুগী অকোয়বদা—
কোয়পাই-পাইরিবা লংজা, কাক শঙ্গু শঙ্গু
ময়ক-ময়ক্ত চৈনা খাঙমত্রবা মচু-মচুগী মৈরানবী!

তাও তায়ো—
বিজ্ঞান হৈরবা, থৌনা-ফরবা নোংদম্বশিং
নঙগী ডিনামাইট ব্রজগুম কল্লবস্থু
ঙম্নোয় পোকথায়হল্বা শন্ধগী-চীং,
ঙম্নোয় লেপহল্বা শন্ধগী-মীকপ।
তাইওয়রবা নঙগী মিৎয়েং, নঙগী থৌরাং
কায়ত্রবা নঙগী জ্ঞান—
তিনশিষ— খায়দোকপা— পুরিবগী
অমুকম্থু য়েন্নবগী পথাপ।
তোক্লো, কায়রোয় কায়দবদা হোৎনরিবা
মহৈ করিস্থু কংলয়োয়—
দুর্ব্বাসাগী শাপগুমবা
মীওইবগী শাপ নত্তনা
উৎকী-মপৈ নত্তনা!

থিল্লে—
অনৌ-অনৌবা-থৌরাং, অচুম্বা মিৎয়েং
অহোংবা-শক্লোন, অনৌবা-থোঙথাং.... ।
য়ারবদি নঙ-ঐ হৌনহুনা
মুংশিনা ঈশৈ শকশি— মুংশিবা
গুপ্নগী মুংশিবা মুংশিবতগী ;

অহুগা, কুইরোয় চৎচখিগে ঐস্থ
মুংশিবগী ঈচেল থকপ্রবা
মাগী থম্মোয়নুংগী শম্বল-ৰাওমদা
খুম্বিশিংনা তাকপীবা লম্বীদা
শক্কগী ৱাকৎসে পুহ্নুনা।

১৯৮৬

## নীংঙদবা

বসন্তগী অয়ুক্তি, গঙ্গা তুরেলগী তোর্ব্বান্দনি
ঐনা খনখি -- লঙচরুবা 'পাপ কোক্লগনি থাজকবনা
গঙ্গা-স্নান তৌজরম্বা কৃষ্ণ-ভক্ত কয়াগী রাখল !

থর'মুক চৎলগা তারম্মি—
লৈঙোই শেক্তায় মথক্ত ওন-থোয়না খাঙলম্বা
মিরাইবিরবা শঙ্খ-মচেৎ কয়াগী মীকপ মীরাউখোল
অমরোমদা, লৈত-লায়র কয়াগী তেংথা-ঈশৈ !

মন্দিরদা লাক্লগা উরম্মি—
লানবীহৈরবা রাধা-কৃষ্ণ অনীনা হরাওনা চেনাক্লম্বা
শতাব্দী কয়া ফাওনা য়েংবা মিৎয়েংগা লোয়ননা।
১৯৮৩

লমলানবা মরূপ

নহাক উরুদবা ফনা কুইরে
অমুক উম্ননি থাজরুত্রে
অহুবু, ইবানী উম্নররে
পংলাপ লাপ্নরমত্রে !

তত্তনা ফোঙদোক্লিবা পুক্লিংগী-বা
করিনো নঙনা হায়রিসিবু
ঐহাক জ্ঞান'ম তাদ্রে—চময়রে
হঞ্জিন্না অমুক্ত হায়য়ু
ৱারৌবিগনু—ঐবু মুংশিবিদ্রবস্থু
ঐগী মরূপ্পু দি চানবীয়ু!

ওইরম্লবা মুংশি-ৱ হৈ-- মুংশিনবগী
করিগী লম্বাংনরু'নি ঐখোয়
অসুক নক্না অসুক তামনরম্বা।
করিগী খুৎশম্নদনি খুৎশোক্লরবদা
ওইরবস্থু নঙ-ঐ লমলানবা
ওইহনসি থম্মোয়গী য়বাদি অমও!
১৯৮৭

## কবিতা মচা মরি

১

ঘুমিং-থানা ঐখোয়বু য়েংলি
ঐখোয়না মখোয়বু য়েংলি
ঘুংঙাইবা মশাগী অমা শায়রি। ২৬ জুলাই, ১৯৮৭

২

পীক্লিবা অঙাংশিংনা বাকয়ে-হি শাড়ুনা শায়রি
ঈশিংদা চাকুবা ঈখৌ-লাংবী পোখী-চেক্লাশিংনা
লোইবী-চৈংশাং তম্না শাথপ তোয়বা পাইরি!
২৭ জুলাই, ১৯৮৭

৩

পুথি মচাদা য়োক্লিবা ঙাশিংনা
চাউবা হেমখি'দোরে হায়বগী
পি শীথুনা থাঙলি,
অহাঙবা লম্পাক্ত শায়রি
অঙাংশিংনা চেন-চোংথুনা। ২৭ জুলাই, ১৯৮৭

৪

অঈং-অশাগী চাং-হোংলকপনা ময়ম ওই
মহৌশা বাপল চাউবী শজিবু-গুলাপ থাঙজয়ে
লৈকাচোয়া শাংঙমদা কেয়ে লৈকা চোইজায়নমা;
পেয়ারি লৈরাং ঘুমিংলৈনা ঘুমিদাংদা লোয়া-থুথা
য়াতারি অহিংনদি শাংথ-লেংথ নীংঙাইদনা! ২৭ জুলাই, ১৯৮৭

# মিংকী-পি

মুংশিবা য়াহৈতনা মুংশিনা তরাম্না কৌবিরবা
অতুদগীসু হেন্না পেঙগনি
করিগুম্বা মুংশিনা ঐবু চুপ্নীরবা !

ঐদি ইশক-থৌ ঈপাঙ্গল য়াও'দে
অতুবু— ঐগীসু বাখল লৈজে
ঐগীসু থম্মোয় পাজে
মসিমা মঙাইরে নঙনা ঐবু চাম্বীগদবা ;
মসি 'পুম্বা ঐতগী বাখল ওইজরবসু
মাগীসু থম্মোয় পাম্বনি
মরমদি — নঙ-ঐ হিংবগী লৈহাও অমত্তনি
মকমসিদনি শৈদাংলিবা, মশাইগোনদনি শৈশল্লিবা
ওইজরবসু হিংসানা পল্লোমনা !

শান্তিগী পাউজেলমক পুঙমত্রবসু
থোঙ্গেল'সি ব্রহ্ম-মন্ত্রগুম থম্মোয় শে'ক্লা লাউজরিবা
কনাগুম্বা মুংশিবা মানা মুংশিবী মাগী মকমদা
মুংশিবা মিৎয়েংনা অমুক্তং মুংশিনা য়েংবিরম্লবা
ঐদি কপচগনি মিংকী-পি শীরক্লুনা
মুংঙাইবগী ঈপোমদা, হুরাওবগী শাথেক্ত !
১৯৮৭

## ঈখৌ-লাংবী

ঈখৌ-লাংলে ইমা মালেম পৃথিবী
লৈত্রে অপেম্বা মচুগী কুম্মৈ মক্ক'সু
নীংথিবা শৈশক-শৈরোল, জগোয় শাথেক্লনসু!

খন্নাংহৈবা— মীওইপোক্কী 'হুংশিবা'
হুংশিবা হুংশিবতগী লীচিংনা
খেন্নবা 'পূম্বা কাউথোক্লুনা
মিৎয়েং পান্দম তুংইনা
মাখল ফিদম শৈদিন্না
শৈরমসুনা, লোল্লমসুনা
শৈতাক্লসি— লোন্তাক্লসি
শান্তিগী মন্না চেৎনবা।

ইমাই থম্মোয় পেলহনসি
তাউজিং লমন শিংলসি
ঙমজবা মথৈ হোৎনহুনা
থার'সু থবায় মতং-লাংগী।
১৯৮৪

## ৱাকৎ

খঙলব্রা ঐগী ৱাকৎ
পাঙলব্রা নঙগী থৌদাং
গুপ্নগী মিকুপ'সিগী দমক
শিদয়াই-নাদয়াই
মঙগী-ঐগী
মীওইবা সমাজগী।

করিগী খঙলোয় মীওইবগী হৌনশা
করিগী খঙলোয় মুমিৎ-থাগী থোঙচৎ
করিগী কংলোয় নঙগী-ঐগী অধিকার ?

মিৎয়েংগী মিৎয়েং ৱাঙমদা
ওমথৈগী ওমথৈ ৱাঙমদা
কংহল্লীয়ু মুংশি-মিৎয়েং অমতং
য়োহল্লীয়ু য়াইফ-ৱাখল খজিক্তং
থম্মোয়-থম্মোয়না পেঞ্জনবা
থৱায় কয়ানা নৌজনবা—।
নঙগী লীচিং, নঙগী থৌদাং
ওইহল্লু শক্তিগী উত্তোগ অনৌবা,
শান্তিগী পাউজেল অহাৱা।
১৯৮৩

## অঙাওবী

য়ুমথোঙ য়ুমথোঙ খুদিং
থোঙ গম্-গম্ লোনশিন্নগ্রবা
অশুক থেঙস' ফাওবা
ভুমিগ নাইতোম লম্বীসিদা
কনাগী খোঙুল লীরিবা !

ঙাল্লবসু লম্বীনি
মমলবসু লম্বীনি
অমম-অঙ:ন থায়বতনি ;
পম্বুং য়াংত্রবা থোঙচৎ
অপাম্বা পো:ক্রবা থোঙথাং
করিনো নঙনা থিরিবা,
করম্বা মঙগী পেন্দবা.... ?

মে:ৎসবা ফিজোল কয়া
কিম্বরবা শকওন শাবান
নীহৌররোর কনানসু ;
চঙলুম্নু মকমদ্দা
চংলুম্নু লম্বীদ্দা
করিগুম্বা—
নঙগীনি খম্বা ঙমত্রবা
লুংশিবা থজিক পোক্কুবা ।

১৯৮৫

## থাজরন্নু লৌনমনি

ঐরমলোয় থম্লুই হেক্ক লৈরম্মি
ওইরমলোয় নীংলুই হেক্ক ওইরম্মি—
'শকফজবা স্যুট-টাই ফেশন তৌবা
মহৈ-হৈবা জ্ঞান-লৈবা
বুদ্ধি-লৌশিং চংখোয়বা....।

পুম্নমক থাজরন্নু লৌনমনি—
তত্ত্ব, দর্শন, রাজনীতি, অর্থনীতি
'সিদে হেন্না মহৈগী শিদ-হিদাক
লৈরমগনি শোয়দনা তাইবংদা
নীংথৌশিংগী রাজমদা মিংয়েংগী পোস্থা ওইরবা,
মশোয় কায়রবা থাজরবা কনাগী
থাজদনা থোক্লবা মিকুপ্তা।
১৯৮৬

## ইতোমতা

'ঐ' ইতোমতনি ইতোমতা
লাকখিবস্থ ইতোমতা
চৎখিদবস্থ ইতোমতা।
কনা য়াওরক্তে লাকপদা
কনা লোয়নরোয় হব্বদা ;
বারুদে ঐ, কিরুদে ঐ
ইতোমতা হিংকদে, ইতোমতা শিকদে
হিংমিন্নবা মুংঙাই, শিমিন্নবা ধর্মনি
মওন মওন 'স্নুন খল্লুবদা বাজবস্থ ইতোমতা।

লাক্লবদি হব্বা তাই
পোক্লাদি শিবা তাই
নোংমপোকপা মচানি
করিগী নীনি শিরুনি।

ফিদমগা লোয়ননা হিংবগী
খোদাং কয়া পাঙবগী
য়েংলুরি পুক্লিংগী মিংশেন্দা
চঙলুরি বাখলগী কুরুক্ষেত্রদা
চৎলি পুন্সি লমশাং
পম্বৎ কয়াই আশাদা।
১৯৮৩

## লাইবক

তুমিন্ন লৈজরম্বা মি'হু হরাওজৈ
ঐগী থৌরাং মহৈ য়াল্লে—
অঙকপনি মপু মাগী থৌজাল
নোংমত্তা কাংদে অমা নত্র' অমা।

ফন্-ফন্ চোংহুনা খাঙলিবা
তুকক-তুকাই চল্লবা
মিরাংদা থুরবা হয়িং'হুনা লাউরকখি—
ঐবু হিংহল্বীয়ু, ঐবু কল্বীয়ু!
লাইবক কৈন্দা খজরম্বা মি'হু
হয়িংগী থোল্লাওদা পূক্লিং ওনখি
অত্তুগা মদোম শোইঞ্জ—
থঙ্গনি হয়িং নঙগী মপোক!
১৯৮৬

## য়াওশঙ

নোংঙাল্লমদায়নি
য়েলহৌঙৈদগী হৌনা রাজরক্লবা
হিংনবৈ লানকমদা লানথেংনম্বিবা
য়াহৌ-ঙম্না মাতনা থেংনরুই—
ভপ্পা লাকুনা থোঙজীন মপান্দা লেপ্পা
লম্বী-লমশাং লাকপগী অবাবা উৎতুনা
'মু'শিনিরেদা'— মথম্মোয়দা থঙ্খি;
'ঙ'ইবিথো'— ভরাম্না অমূক ওকচখি।

থেংনরুদবা, থঙরুদবা কয়ানা রাজখি—
অয়ুকী নামিবা মলয়ানা
মুংশিবা লৈনমগা লোয়ননা
হকচাংদা শাফু তোয়ররবদা।
১৯৮৬

## মতমসিদা

মতম অমদা নঙ-ঐ শাম্মিম্মরম্মি
উচান মখোঙদা কমদ্রুনা ঘাম্নী শারম্মি
লোক্তাক পাত্তা কুমহ্রুনা লেম্লৈ ফারম্মি
হৱাগাড়ী তোংদুনা ইম্ফাল সহর কোয়রম্মি —
ৱাখলসে মুংঙাইখি, থম্মোয়সু পেঙখি
ইরমদমসে য়েংবদা, ঈরৈপাক্কী থবদা।

ঙসিগী লোক্তাক, ঙসিগী ইম্ফাল
ৱাখল হোংলে, মচু ওন্লে
মতমগী য়াওলদা ইম্নাক্করে
মহোশা নত্রে— নঙসু-ঐসু.... !
মসিদা ৱানিংঙাই মরম লৈতে
মতমগী ঈচেলনি থিংবা ঙমলোয়
মসিনা অচুম্বা সাক্ষী ওইরত্রা ??

নঙ-ঐগী ৱাখল-পুক্নিং-ফিবম হোংলক্লিবসিদা
লোক্তাক পাৎনা মরোল থোক্লবনি
ইম্ফাল সহরনা ফীরক থুম্মবনি
মৈতৈ মচানা নীংবা কায়রবনি !
১৯৮৫

## লম্বী

অঙোম তুরেল ঘাট্টা নত্তে,
মিনিষ্টার কোলোনিগী বাস্থ নত্তে,
নত্তে মার্কোপোলোগী লমকোয়্-বারী ;
চুমগী লম্বী— মীয়ামগী লম্বী।

ছুটি মুমিং থুদিং
উমৈ মরূপ-মপাং
খঙন-চায় কয়া কয়া ;—
হেক উরবা মিকুপ্তা
হায়নৈ হংনৈ, হংনৈ হায়নৈ,
গুড্ মোর্নিং, গুড্ ঈভ্নিং
হাউ আর ইউ? ফাইন থ্যাঙ্ক ইউ অসিনচিংবা।

অচৎ-চত্ত য়েংদনা
কায়-কায়দবা থিদনা
অনী উমৈ রা ঙাংনৈ
মরি উমৈ বারী শানৈ
চৎলবসু চৎনা, ফম্লবসু ফম্না।

কনাগী বা কনানা খঙ'নি ;
পম্তুং য়োবা য়োদবা
ঐসু লম্বী চৎপা
নাসু লম্বী চৎপা—।

অহুবু !
মচু-মচুগী কুম্মৈ
শক্লোন কয়াই বারী
উরু-তারুবা কনানা
অচুম্বা-লম্বী ফংত্রা !

চৈরাউ-চীং—
চৈরাউ-চীং কাবগী অর্থনা করিনো
কাদবগীনা করিনো
চপ মানৈ অনীমক
মান্নহনববু ভুরবদি।

নোংম উখি লম্বীদা, লম্বীগী চিদায়দা
হওয়াগাড়ী পরেং, মীয়াম পরেং ;
তাখি— গির্জ্জাগী কাংশি-মখোল,
অমরোমদা অ্যাড়ভর্টাইজমেণ্ট কয়াগী ঈরাউখোল.
নাক-য়েত্তা, পার্কতা, ফিলদা ইলেক্সনগী কেম্পেও
মীয়াম মপৈ মপৈ.... ।

ভি, আই, পি খরা, বাবু খরা
ভুরাংতা হুকান্দার ওইরম্বা
মিনিষ্টার অমা অনীগা
চংখি মথং মথং
হৈশিংলবা ট্রাফিক-পুলিশ
হরাও হরাও লম্বী তাকচৈ লম্বীদা।

তুরেলগী ঈচেলগুম অরেপ্পা লৈতে
অনম-অঙান থায়দে
চৎথোক-চৎশিন, চৎথোক-চৎশিন
অপাম অপাম মাইকৈদা।

অমগা অমগা অনী
অনীগা অনীগা মরি
অনী উমৈ রা ঙা·নৈ
মরি উমৈ বারী শানৈ
ঙরাংগী বাসু নীংশিংদা
ঙসিগী বাসু হংনদা
হয়েংগী বাসু খন্নদা।

অসুম চৎলি, অসুম থেংনৈ
অমনা হংঙি— কদোমদা
অনীনা খুম্মি— অসোমদা;
ঐনা খল্লি পূক্লিংদা—
মুংশিবসে মুংশি
চৎনবিসে কল্লি।
১৯৮৪

## ঈখৌ-লাংবী ঐগী চান্নবীদা

অহিং অসিমতং নঙ-ঐ মীশেল খাঙম্নিসি
অচৎ-১ত্ত তাইবংগী অরা-মুংঙাই বারী শাম্মিন্নসি
করিগুম্বা চান্নবী নঙনা রাহৈনা ফোঙঙমক্রবন্নু
রাহৈগী পংখৈ রাঙমদা য়োকসি থক হায়জরোই
রাহৈদি রাহৈনি, হৌজিক্কি চন্নক্রবা লৈহাউ-লৈরেম্নি !

চীনগা খূৎকা অনীগী মান্নবা লৈত্রবা
তংথ্রবা লীপুন কয়াগী শন্নফম খঙদ্রবা
চারাম্নরবা থম্মোয় কয়ানা লম্মাংনরবা
চাউখৎপগী য়াচঙ্বা মতমসিদা—
য়াকায়বীরম্মু চান্ন·হিরেন হোনঙম্বা রাখল-পুক্কিং
শেমজগে অমৃতগী লৈরাং-চারগুম
অনৌবা রাখলগী মূর্ত্তি কয়ানা !

ঈখৌ-লাংবী হৌনশা— তাইবং থম্মোয় ঈহৌনা
হন্না হন্না শুদ্ধংপীয়ু শুদ্ধংহৈবী নঙগী লীচিংনা
তাইবংগী ফজবা মশেক্না মূর্ত্তিগী লৈতেং ওইনবা।
৬ অক্তোবর, ১৯৮৭

## ঐগী চান্নবীদা

কয়া ঈখৌ লাংলবমু
হায়জরোয় তমজরোয় কয়ামা ;
শক্তিগী কেন্দ্র ওইরিবা
যুগ যুগান্তর কয়াগী
নঙনা ঐগী থাজনি
থম্মোয় অতিয়াদা থোকপীনি।

তম্নরোয় হায়ররোয় হায়ওদে
থল্লরোয় শোল্লরোয় মঙমদে
অহুগী ময়ম লৈবনি
নঙগুম্বী কয়াই আশানি,
মালেমনা শান্তি ফংবনি।

নঙগী— ঐগী— মাগী
মুংশিবা মুংশিবতবু ঈখৌ-লাং
ওয়াং ঐগী রাখল
ওসি ঐগী থম্মোয়
হয়েংগী দমক য়াহৌই
য়াইফ-রাখল থলহৌই
'সিমদি কাউবীয়ু।

১৯৮৫

## তাঙ্গা অমতং

ঐদি হায়গনি—
পুন্সি হায়বসি থবায় পুন্থনা শান্নবনি !
অমাঙ-অতা লৈত্রবা থবায়গা ঐগা শেংনব্রিদৈ
মুংশিবী নঙগী নকাদা
খুদোল কয়ানি তমজনীংবা ;
অন্থবু, ঙমজন্ত্রি— পাঙত্রবনি করম হায়গনি।

হাপ্পীয়ুকো চান্বীহৈবী নঙনা
নোংথাঙদগীসু হেন্না থৌবা
ঐগী থম্মোয়দা থৌনাগী চেংজেল ;
ঐগী বাখলদা বাখলগী লৈচন--
ফল্গু-গঙ্গাগী ঈচেলদগীসু হেন্না লুবা,
রাকচীংগী নোংদগীসু থক তাদবা।

অতৈ অমতংগা পামজনা হায়জগে—
ঐগী পাঙদবা অমদি অশোম্বা 'পুম্বা পুথোক্লুনা
ঐবু থীনা ঙাংবীয়ু অন্থগা ঐবু লৈতাহন্বীয়ু
তৌইগুম্বশুং— অয়োয়বা মিকুপ্তা পীবিয়ু তাঙ্গা অমতং
ঐগী অশেংবা থম্মোয়মুংগী মুংশিবসে ফোঙহন্বা।
১৯৮৭

## নঙগী ঐগী য়ারী'দুবু নুংশি

নঙগী ঐগী য়ারী'হুবু নুংশি
নুংশিবা ময়াম মরক্ত
নীংঙমদবা শঙ্গু মমুংদা। ·

থবায় অমনা থবায় অমগী
থম্মোয় অমনা থম্মোয় অমগী
কয়াগী মতিক নুংশিবা
কয়াগী মতিক য়াজবা,
মৈচাক থাঙগে থাঙ্‌ঙবা
থম্বায় থাগে থাঙবা
মচুদা লৈরে য়ারী—
তম্মগী নঙগী-ঐগী।
১৯৮৬

## থাজবা মাতনা মহেক্সি

ওইরবস্থ চীমাইদবী মেনকা
অগোয় খুঁথেক থেক্তবস্থ
নঙ নোকউ মোমোয়না— পুক্সিং পেয়া
নঙ কপ্প, মুংহিক্সনা— থম্মোয় শোক্সা
নঙগী অশেংবা শক্তমনা অমৃতগী ঈপাক ওই
ঐগী ফজবা বাখলনা চাম্ন-হিরেন ওই
হোজ্জগে আশাই পম্ব্রুং য়েৌনবা।

ঐগী আশা, ঐগী থবায়, ঐগী পুন্সি
শুম্নগী ঐসে নঙগীনি
নঙনা ঐগীনি—
হে মুংশিবী! নঙবুদি চেৎনা থাজজে
থাজরুবা মশুং-লাং মীপাইথীর বাথলসে
মুংশি নাক্ত থম্বীয়ু—
বাখল-পুক্সিংনা তৌবগুম
থম্মোয় নৈকা নৈনাদা।

উত্রে থম্মোয় লৈঙমদে
উরে থম্মোয় লৈতদে
খল্লরোয় থম্না মঙমদে
কাউরগে নীংনা কাউঙমদে।
১৯৮৭

## তাজমহল

কলাগী 'কলা', নুংশিবগী 'নুংশিবা'
হে নুংশিবী! থরারগুম পাম্মুরবী—
নঙদি কুইরবোইদো লৈরকলিবা
অরি-অনৌগী খুদোল কয়া তমহুনা
য়েনহৌঙৈগী য়ারী নথাম্নুংদা চেৎনা কোন্দুনা।

য়ারী কয়া নৌহৌনা নীংশিংহন্দুনা
য়াখল কয়া থম্মোয়দা ঈহৌহন্দুনা
অশৈবা কয়ানা নঙবু উরগা
মথম্মোয় পেম্না শৈশকলিবা
নঙবু তাম্নিবন্না হে চাৱী-হৈরবী!

কনা লৈয়োয় নঙবু নুংশিদবা
কনা য়াওরোয় নঙবু খোয়দাদবা
খুদোল তম্বতনা নথোদাং ওই
মতম পুম্বগী মতম নাইদনা
মীওইবগী থম্মোয় থম্মোয় খুদিংদা
নুংশি-ঈনোৎ হান্নিবী শাহজাহানগী মমতাজমহল!
নুংশিবগী মিংশেলনি, মালেমগী থাজনি
শাহজাহানগী অশেংবা মরম্নি।

১৯৮৩

## নীংশিংবা

খোঙথাং খূদিং মিকুপ খূদিং
শক্লোন মামত্র' তাইবংসিদা
কনানা কনাবু নীংশিংনখি
নীংশিংবগী মতম লৈত্রবদা।

ঙরাং উমৈ অসুম কায়নৈ
ঙসি খঙনৈ অসুম কাউনৈ
অসুম্না অসুম খোঙচৎ'সিগী
থৌদোক-বাথোক কয়াগী মরক্ত
হেক হেক উখি, তাখি
শকমান্নবী কনা'মগী
তঙাং তঙাং চীথান কাওনা
থম্মোয় হুত্রবসু মুংশি-বাহৈ খরা
পুন্সিগী বাহং কয়াগা ঈরোয়ননা।

নোংমা অচীকপদা কমলিদৈ
রাখলনা রাখলদা কাইহৌরদৈ
পাউখুম কয়া বাহং'হুগী
খঙহৌদনা হৌরকখি পূক্লিং-সমুদ্রদা
অরা-মুংঙাই ঈথক-ঈপোম মচা মচা।

১৯৮৫

## মৈরানবী

নোঙাল্লমদায় থাজ নঙনা
থোঙনাও ফাওনা করিগী ?
ঐহাক ইতোমতনি নীংবা কায়রিবা
পোখাকম খঙত্রিবা !

অম্রুক লাঙতক্লরিবা, থোয়রাংহল্লিবা
কনাই শক্লোন লৌহ্না
করি রাবু হংলরি—
মঙলৈবাকী....
অতোপ্পা কনাগী ?

লাক্লম্বা তাইবংসিদা
কাইহৌরমগনি লুংশি মাম্লু
ঐগী থম্মোয় মৈরানবী !
১৯৮৩

## পাউখুম

'মুং-শি-বা' করিনো
হায়খিদে নঙনা
হংখিদে ঐনস্থ !

ঙরাং ঐগী মঙলান্দা নঙবু উরম্মি
পুক্লিংগী-রা কয়া তমলম্মি ;
অহুবু !
ঈপাক্ত কোঙ্গোল তাকপগুম
পুন্নমক তায়ওন্নখরে তাইবংদা
য়াওরম্মি তুমগী পাউখুম অমত্তং মুংশিবগী—
নঙ-ঐ উন্নত্রবা মিকুপ্তা
নঙ-ঐ উন্নত্রবা মিকুপ্তা।

ইম্ফাল
১৫ আগষ্ট, ১৯৮৮

## খুজি-মথোল

মুংশিবী ! মুংশিদবোই থনবরা নঙবু ?
মুংশি— নঙবু কুশি, 'সিদৈ হেৱা করিমুক পাল্লি ?
অপাম্বস্থ নঙনি, মুংশিবস্থ নঙমি ;
পুক্নিংগী লাওতক্লবা, থম্মোয়গী ঈথৌ-লাংবা
'সিনি অশেংবা খুদম ।

মুমিংলৈবু পামজদবা ঐগী থম্মোয়নি
নার্গিস অমদি খোংগমমেলৈ ওইরম্বা
ঐগীদি লাইবক ফবনি
নত্রবদি হেন্না চাক্লম্নি !

ঙসিদি— লাইবক ফরবস্থ ফনা
শুমাংঙম্বা নঙগী নোকমিবা মায়থোঙস্থ মিহৌজদে
থৌজাল-হৈবা নঙগী খোয়থুম্বা বাঙাংস্থ খোয়দাজদে
তত্তনা তানিংবনা লাঙতক্লে—
ঐগী বাখলগী ঈপাক লানবিরিবা
কাইহৌবিরম্বা নঙগী খুজিগী মিরবা-খোজেল !

ইম্ফাল
২২ সেপ্তেম্বর, ১৯৮৭

## ঈশিং-চাইবী

নওনি নওবুনি হায়রিবা
'সারদা', ঐগী চান্নরবী— চীন্নাইদবী
কুইরক্লে তারক্কবা মুংশি-নপাউ
শুম্নগী উন্নখি হায়বত্তা মঙাইরে—
কৌজবা ঙমখিদে য়েংজবা নত্তনা
হায়জবা ঙমখিদে খঙবা নত্তনা
'সিগী মরম লৈবনি ;
মুংশিবা মানা সাক্ষীনি।

নওদি মথোং কারক্লিবীনি
অরাং-অপা লৈতবীনি—
শক্তিগী কেন্দ্রনি,
কনবা অমসুং অচুম্বগী খুদমনি।

হন্নাওনা নোক্লমন্নবসু— মোমোন্ননা
মুংশিনা কৌবিরমজ্রবসু— মুংশি-বাইহনা
য়েংবিরম্লবা তন্নাম তন্নাম মিৎচান্ননা
চৈবীরম্লবা তথী-তথী চীন্নান কাওনা
অহুদসু অহুম পেঙ্গরমগনি — অহুবু!
ঙসিসু থাঙলি নোংদম'হুগী নোংদম্বী
মহৌশাগুম তোয়না য়েংজহনা
নওগী শক্লোনবু থম্মোয়মুংদা চেৎনা কোনশিন্দুনা
শান্তিগী শৈশক-শৈরোলতবু শৈদমহনা। ২৮। ৮। ৮৮

## বকুল-পাম্বী

মুংশিখি মাবু ঐনা
মানমু ঐবু মুংশিখি
মৈয়ানবীগুম ঐগী বাখল-পুক্নিংদা
মতম 'পুম্বা লুপচখি ;
ঐসু ঈথৌ-লাংজখি—
মাগী মুংশি-বাখলদা,
পম্মুং কয়াই আশাদা।

ঙসিদি মা-ঐ তামনরবদা
করম্না তাগনি মুংশি-মপাউ
করম্না খঙগনি পুক্নিংগী-রা
নীংজবা অমদি নীংশিংবসে নত্তনা।

য়ৌসি য়ৌঙমদা হৌসি হৌঙমদা
লম্মুক্নবৈ অরা-মৈথু লক্ত
লাঙতক্নহল্লবমু বাখলনা বাখলদা
থম্মোয়গী শৈরোলদি থম্মোয়দা,
পুক্নিংগী বাকৎনা মাঙোন্দা—
ইবানীগী মুংশি-ইনোৎ হাপখিবা
নাইতোম তায় 'বকুল-পাম্বী মাঙোন্দা।
১৯৮৫

## মীশুম্বী কনানো

মীশুম্বী কনানো মাঙদা চৎলিবা,
মীশুম্বী কনানো তুংদা লাক্লিবা,
মীশুম্বী কনানো য়েন্ত লৈরিবা
মীশুম্বী কনানো ওইদা য়েংলিবা ?
শুম্মাৎপীরো অমুক্তং শুম্মাৎহৈবা মিৎয়েংনা
খঙহম্বীরো থিন্দনা নঙগী শক্লোন অশেংবা,—
পূক্লিং পেন্না য়েংলগে
নগুণদি শেংনা খঙলগে
মূৎনাইত্রবা ময়েক্না য়েক্লগে—
নঙগী শক্তমদি পাম্মুবী
নঙগী পূকচেলদি অভাংবী
নঙগী থম্মোয়দি মুংশি-হৈবী
নঙগী শক্লোনদি মীশুম্বী ।
১৯৮৬

## মতমগী-লাং

উরত্রা শরূগী-চীং ?
তারত্রা শরূগী-মীকপ-খোল ?
মশিংলাকঙনত্রবা পিরামিড্, পিরামিড্.... !

লম্বী নাললি চৎলুন্নু
ইনবা ঙমলোয় লাক্কনু
কৈদৌন্নুংদা হায়জরোয় ;
চৎসি খোঙলোয়নবা পন্থ্ং য়ৌনা—
থরান-মৈরা লিশিংনা ঙানবা লমদা
শান্তিগী-মৈরা ওই ধ্রুবতারাগুম ঙান্নবা।

অদুবু !
চৎন্নুসি নিশা পান্নবা খোইমুগুম
অশেংবা পূকচেল য়াওদনা
ইরাংগী-লৈকোল তম্না।
১৯৮৬

# ঐগী অন্নাহংপা অমা

মুংশি মশক খঙলকপৈ
কায়না-মৈশা লাংজ্রিপৈ
থাজরুই থম্মোয় চেংনা
মুংশিরুই থন্নায় তা়না।

"মুংশিজৈ, নঙবু থাদোকচরোই।"
মাগী মুংশি-বাহৈনি।

থম্মোয় মশক খঙজ্রবস্ু
থাবুম কয়া, কুমজা কয়া
ঐনদি ঐগীনি নীংজরুই
ঐভগী ওইরবোই থন্দুনা?
১৯৮৩

## খোংলন্নু কোকিল

বসন্ত মমৈ ঙায়রক্লবদা
ঈপাম্বানা য়ৌরক্লবদা
নঙগী খোম্বাং ত'রগা
মুংওলে থম্মোয়সে।

করম্বা পামেল উশাদা কাইদোংলিবা
কনাগী করম্বা মপাউ তম্লরিবা
ঙসিদি নঙগী নপাউ হংনিংগে
ঐগী ঈপাউস্সু তমনিংগে।
উবমক ফংগ্রবস্সু
হৌগ্রবা মতম কয়াদা
নঙবু লোম্না য়েংজবনি
ঈখৌ-লাংনা ঙাইজবনি।

অশংবা উনা-বানা কয়ানা
অমগা অমগা লেঙগোম্না
তারমগনি শৈরোই-ঈশৈ।
অদুবু, ঐদি তাবা হৈনগে
ব খলগী লংলা-লংজিন তৎগ্রবদা,
মহৌশাগী মুংঙাইবা শরুক য়াওগ্রবদা।

ঙসিদি— চৎলো, নঙ চৎলো
লাক্লগদু ইনাক্ত

খোংলরম্ন খোবোংননা।
ঈচেল লেপগ্রবা থম্মোয়সে
ঈথক-ঈচাউ হৌরক্ল'নি,
পূক্লিং-ঈথিলগা লোয়ননা
কায়ন-বাথল ঈহৌরক্ল' নি।

য়েল্লিংথাগী থাজিন্দা
নঙবু ভরাম্না ওকথিবা
শাবী-শানৌ কয়া কয়া
ঙসিদি য়েক্লববু তারনি
নঙগী তৌবিমল কাউরনি।
স্বার্থগী কূয়োম্না কূপগ্রবা
তাইবং মীনম তাত্রবা
চৌক্ল চীংমুং-মান্নুংদা
নঙগী কাইদোংফম থিরক্লো।

ঈপাম্বাগী হৌনশা—
নোংমা জম্-জম্ চুথিবা
মুংশিংনা উ-উ শিংথিবা
নঙদি তারি, উরিনি।
অদুবু!
আশাই নৈপান কেনগ্রবা
বাথলগী তুংনফম নৈত্রবা
ঐগী অন্না-শক্লোন্দি
নঙদি খঙলি, উরিরোয়।

অদুগা—
কায়না-মৈশা লাংলবা
শাবী-শানৌ কয়াগী
অয়োম্বা-থারীগ্ গুলিয়োয় ।

হাদা শৈশক হৈবা-ও
বসন্ত-মপাউ পূবা-ও
বসন্ত লোইরে ডাকপদি
কায়নবৈ-মৈচাক হেন্নবনি।
মহৌশাগী থোঙলোয় ওইরিবা
নহাক্তি থঙকম থোকপনি
হায়রু, নহাক হায়রু—
থম্মোয় কায়রবা কনাগী মকমদা
পুন্সিগী মমল লৈরিবরা ?

নোংমা বসন্তগী অয়ুক্ত—
পুক্নী মপান্না হৌরিবা— মহাক্না পামজরবা
মনা-পূংলবা লৈহাউ মথোঙদা কমম্নিরহুনা
থম্মোয় থম্মোয় শিন্ননা
মা-ঐ পাউমেন্নরিঙৈ
অচৌকপা কয়া থুগায়হুনা
বাখলগী লৈমরোন ফাওনা
নঙনা চাউথোক্না নথৌ-পোঙনা শকথিবদায়—
'ঐদি মীগী থম্মোয়বু থুহুম চবা ওস্বা মহাদূত্তিনি—
চুম্নি, চুম্নি নোংমদি মহাক

ঐগী থম্মোয়বুস্থ জয় তৌখিবনি
ঐস্থ মচু কয়া শঙজরম্বনি।
অদুবু!
ঙসিদি, নীংজবা পূম্বা
মঙলানগুম অরেম্বা তাপ্রবা
থম্মোয় কায়রবা মতমসিদা
ইদোম কাঁয় খল্লিবা খঙলরোয়
খঙলরোয়, ঐগী থম্মোয়নুংগী-রা।
অদুনা— থম্মোয়বুস্থ খুদুম চম্বা ঙম্মরোয়
ঙম্মরোয়, ঙম্মরোয় পেলহম্বা
শৈশক শৈরোল চাম-চামনা
নখোঞ্জেল হৌনা খোংচুনস্থ।

মৈগী-চীংগুন পোকখায়রবনি
ঙম্না মাঙপ্রবনি, লুপপ্রবনি মুংঙাইবা
অবাবা স্থরগী ঈরৈদা ;
থম্মোয়গী তেংথাখোল পীনবা
মিংকী-পিম্থ কংপ্রবনি,
মচু ওল্লবনি, লৈকংলা তারবনি।
অদুনদি— ঙসিস্থ মহৌশাগুম
নঙগী খোম্মাং তানিংলমগদ্রা,
নঙগী শৈশক তমনিংলমগদ্রা ?
তৌইগুম্বঙং— থম্মোয় কম্বা ঐগী হৌনশা নত্তে
থম্মোয় নোবা ঐগী অপাম্বা নত্তে।

ঐগী অপাম্বা অমত্তং লৈ
ঐনা নঙোন্দগী পাম্বদি—
থাঙবগী-চেংজেল অহুনি
শোন্থরবা থম্মোয়বুম্থ নৌহৌনা তেকথৎহল্লনি।
মতমগী-খোঙলৈ তুংইন্না
বসন্ত বসন্তনা লাকপদা
বসন্ত-মপাউ তম্নরনি ;
অহুব ! চান্নরবী—
তাখিগদ্রা নুংশি-ঈশৈ....
তম্নখিগদ্রা মপাউদি....
লাক্লরোয়দবা মহাক্কী।
এপ্রিল, ৯৮৩

## অপাম্বা

নঙনা শক্লম্বগী ঐনা শকপনি
শক্লিংহল্লিবস্থ নঙনা।
নঙনা হায়রম্বগী ঐনা হায়বনি
হায়নিংহল্লিবস্থ নঙনা!
অস্থুম্না শুম্মাংলি ঐবু অঙাওবা—
নঙগী রাখলদা ঙাওরবা!

ঐগীনি হায়বা কারি লৈ—
ঐগী থবায় নঙগীনি
ঐগী হকচাং নঙগীনি
শুম্লগী নশুং-লাংগীনি।

হুংশিবগী মমুংদা হুংশিবা
চান্নবীগী মথক্ত চান্নীবা
থোঙাল অমতংগা শীনবীয়ু
ঐগী পুক্নিং-রাখলসে
অচুম্বা ঙাক্লি তাকপীয়ু
অরাবা পুম্বা থাঙজগে!
১৯৮৭

## ৱাহং অমতং

সোমদা মুংঙাইবগী ঈথক
অমরোমদা অরাবগী ঈপোম
ঈথক-ঈপোম অনীমক ঈরোয়নরি
কায়দ-হুম্বা লিরি মালঙ্‌বগা!

অহুবু, হে থৌজাল-হৈবা!
হায়য়ু, নহাক হায়য়ু—
নঙগী করম্বা খুদোলনো মুংঙাইবনা,
নঙগী করম্বা খুৎশেম্নো অরাবনা?
করিগী থায়রি— অরাবা অমসুং মুংঙাইবা,
করিগী খেন্নরি— থৌজালগী মসুংদা থৌজাল!

উৎলিত্রা অচুম-'রানগী শক্লোন
নত্তনা করম্বা নঙগী ৱাখলনো
করম্বা নঙগী কুম্মৈনো—
শুপ্পগী নঙতনা হায়ঙম্বা
নঙতনা শাম্নরিবা??
১৯৮৭

## লান

ঙরাংদগী ঙসি
ঙসিদগী হয়েং
লেপত্রি, লেপখিরোয় ;
অহুবু ! শক্লোন অমদি নৈবি
লাল্লোং কয়াদি ৱাৎলি—
মুংশিবগী, চাম্নবগী অমমুং অমত্ত ওইবগী !

থোক্লগা কংবা ঙম্বগুম
কংলগা থাজবা হেল্লকই ;
করিগুম্বা নোংথাঙনা উঙমত্রবসু
কনাগুম্বা শানাম্বিনা য়োঁঙমদ্রবসু
নীংঙাইদনা চৎসি খোঙলোয়ননা—
মুংশি-শৈহেক্কনা লাল্লাউ ওই
থৌজাল-মিথয়েংতনা খুলায় ওই
থাজবা-ৱাখলতনা থৌনা ওই।
১৯৮৭

## * শ্রদ্ধাঞ্জলি

সভ্যতাগী শক্লোম্নি
মতমগী চৈথেংনি
নোংদম্বগী মনিংনি
ওইসম্নু ওইনিংবা অমা।
অহুবু! থম্মোয় ঐদি লৈতাত্রে
কুমওন খূদিং লাকপসিদা
কচ্চরি শুদ্ধাঞ্জলি মিংকী-পিগা লোয়নননা।

হে থবায়! মঙামক
মীপা থানা তরুকমক
থবায় নঙনা তম্মীরু
মিরেন  নঙনা তাকপীরু
মঙলারুর' মত্তৌগুম
খোঞ্জেল খোক্রু' লৈয়েংদা
খোম্থাং অমতং হাপ্পীয়ু
নঙগী ঐগী বাথন্দা
মিংকী-পিবু থকচগে।
১৯৮৬

* ৩ ডিসেম্বর, ১৯৮৪ ইংদা ভূপাল গ্যাস ট্রেজেডিদা
শিথিবশিংগী মফমদা।

## চাকনিবগী

মুমিদাং পুং তাখিহুনা
লাইব্রেরী কাদগী থোরক্লুনা
ইয়ুম মাইকৈ পাংনা
লম্বীগী ফুট্-পাথটা চৎলিঙৈ
হবা-গাড়ী' হেড্লাইটকী মঙালদা
মিকুপ খরদি মিং থকখি
থম্মোয়গী অচৌকপা কায়খি।

খোঙথাং অমতং মাঙলোমদা থাংজিল্লুবদা
ভিংথোক্লুনা নৈরম্বা খূৎকা হায়ফেৎতং থেংজিনৈ
খঙহৌদনা হায়দোকখি— 'সোরি'
"বাবু পৈশা তম্না!"
নাকোঙ 'সিদা তাখিবনি
অহুবু, 'মুম থোশাদনা থাংজিল্লম্মি।

হেক মাঙদা ল্যাম-পোষ্ট
মরূপ-মপাং লাকপরা
কোয়না অমুক্তং য়েংঙি
ঈদোম চৎনা চৎনা নীংশিংলকখি -
"বাবু পৈশা তম্না!"
অহুগা থম্মোয়দা থনখিবমু চাকনিবগী।
১৯৮৫

## তেরা-পাম্বী

মীনা শুক-শুরবা
বস মমুংদগী হাইফেৎতং
উখিবত্নুনি তেরা-পাম্বী—
উগী-খোঙ অতুদগী ইনক-নরা
ঈশিং ঈচেলদা হৌবা!

অতং-অথম লৈত্রবা
অহৌবা অরোইবা খঙত্রবা
মীওই-পুন্সি-ঈচেলগুম
ঈশিং ঈচেলনা থেংবদা
খাঙ্ঙমত্রবা লৈরাইনা নীংখাইরকপদা
তেরা-পাম্বী য়াওরক্লিম্মি ঈপাম্বাদা
নীংজবা আশা পুত্নুনা!

মতমদি হৌখি খঙহৌদনা
ঈচেলসু চৎখি ঈরোম্ননা
কনাসু হুন্না হৌরমদনা।
মদোম ইকাইজে মীতৌ উবদা
নোংদম্বগী নোংদমনি খজৈ;
ঈশিং ঈচেলদা ভাইনশল্লি
থাজবা পুম্বা থাদোক্নুনা।
১৯৮৪

## পুর্ণিমাগী অহিং

থাজসে ফজৈ
থাজসে নীংথিজৈ
পুক্নিংহনা ফজৈ
ফজবগী ফজবনি— নুংশি-হৈবীনি।

হায়কেৎ নিম্নরকই মাইকৈ মরিদা,
ঙাংনরকই মীপূমখিংনা—
থাজগী মায়থোঙদা মায়হিঙ কারিবা
করম্বা নীংবা কায়বগী খুদম্নো,
কনাগী নাপলগী চৈথেংনো?
অমুবা মচুনা অরাবগী
অঙৌবনা নুংঙাই-শক্লোন ওইরবসু
লুপা-মহীনা লাক্লবা ঈংলবা থাবলদা
নুংঙাই-ঈখৌ-লাংলোয়দবা কনা য়াওবগে?

থাজসে ফজৈ
ফজবগী ফজবনি — থৌজাল-হৈবীনি!
১৯৮৫

## হায়ুগে থম্বদি হায়হৌদ্রে

হায়ুগে থম্বদি হায়হৌদ্রে
থম্বা মথৈ হায়দোকপ্রে
বাথলনা লাম্বা ফংদবনা
থম্মোয়না নীংশিংবা ওমদবনা!

ওসি হয়েং 'ন্নুম থল্লিগৈ
অমগী মথং অমা থল্লিগৈ
মতম্দি হৌখি থওহৌদনা
থওনিংবা বান্নু থওহৌদনা
তৌগে থম্বন্নু তৌহৌদা!

থম্বন্নু থবক্লি থল্ল'ন্নু
ওমদে থম্বনা লৈবন্নু
থল্লু থম্নুরগা নীংশিংলকই
ইশানা ইশাবু বারৌরকই
চোকশিলহৌব্রবা মিকুপ্ন পাম্মুরকই
হায়হৌব্রবা বান্নু হায়নিংলকই।
১৯৮৩

## অনৌবা-চৈনা

অমুক মঙোন্দা য়েং
অমুক মাঙোন্দা য়েং
নঙগী-ঐগী-মাগী খন্নদা
ঐদি রাখল চোয়রবনি !
করিগুম্বা নঙগা কায়নরমদায়
তাক্লম্লবা ঐঙোন্দা মরমদো শেংনা
পাউজেল্লমগনি খোম্থাং-য়ৈনা—
'হুবু, ঙসিদি খঙলবস্থ ঙম্লরোয় ফোঙদোকপা
ঈদোম তরক মীয়াম'সিগী 'মাঙদা
ফনা অচুম্বা রাফম ওইহনস্থ !

অকোয়বদা লৈরি লেঙমাম্লবা কয়া
তম্লম্বরা মখোম্লদা নঙগী অপাম্বা ?
থাজদে— হংলুহনস্থ খুম্লকনি হায়বা অশেংবা
করিনা— ঐনা নঙগী রাবদস্থ
কনাস্থ শরুক য়ানিংদে !
হোৌরমত্রবা নঙনা লম্বী'সিগী চিদাইদা
ঐনা নঙগী 'গুণস্থ খঙলমলোয়
নগুং-লাংগী অস্থম্লা নৌহৌনা রারমলোয়,—
তাক্লমদ' চংগ্রবস্থ তম্বীরি রাখলদি মুংশিবগী, কৎথোকপগী
কাওহল্লি লোয়ননা লেপ্লিবা শক্লোনসিনা অনৌবা-চৈনা !

শিলঙ, ১৯৮৬

## ইকাইবা

ঙরাংতা য়াম্না ইকাইবা খঙলম্বা
লোম্না-থুপ্না কি-হঙ্গোয়না চৎচরম্বদো
ঙসিদি লম্বী-শোরোক লমজাওদা
শা-ং-না চুৱ্নট্‌কী মৈখু কামথোক্লুনা
কনা'মতা থোশাদনা চৎলরে;
মসি শাথীবা অমনি
কনা শাথীবা য়াৎনি
চৎসু ফনা নীংথিনা চৎনরক্লিবা!

হোৎনরুই ফল তাবা ঙমদে
ওন্নথৈনবা ঙাক, ওন্নথৈনবা ঙাক—
হৌজিক্কি লেপ্তুনা মায়োক্নদৌবতা মঙাইরে;
চাউখৎপা চাউখৎতবা খঙদ্রবসু
অহোংবা কয়াগী শক্লোম্নি
মসিমদি খঙলে হায়রসু
মসি শীংথানিংঙাইদি ওইদে
হেন্না তুকচ্ছনিংঙাই মশক্নি।
মখোয়দো সিদসু লৈ, অসুবাইদসু লৈ
আ-অরাপ্পদসু অসুম লৈ
অহুবু, নঙ-ঐগী অকোয়বসিদনা থরা খিৎ-'হেল্লি।

অঙাম্বদা হৈনদবা শেকপীগুম
অমুকসু অমম্বদা থাজগনবা কাককুম

নোংমস্থ অমম্বদা পয়েং পয়েং
নোংমস্থ অঙাম্বদা কুকেৎ-কাকেৎ—
করি বাবু তান্নরিবা
করি থৌদাংবু য়ারিবা
অমম-অঙানগী লংদাইদনা কমদৌরিগবা!

ঙরাংদি অঙাং-মচাশুম গলি মচাচুদা কাকৈ-কাকৈ
ঙসিদি ফংজরে চৎচবা লম্বী-শোরোক লমজাওদা তেলি-তেলি;
মখিৎ পেন্না য়েংজরে— চাউখৎপগী শক্লোন কয়া কয়া
অচুবু, থৌওইনা চৎলি ঙরাংগী রাখলদা
ঙসিগী হৈনবী, চৎনবী অমগা হৈননা অস্থম—।
'মসি অচুম্বা নত্তে, মচু অচুম্বা নত্তে,
অসি অফবা নত্তে, অচু ফজবা নত্তে...।'
অমুক্তস্থ হায়য়ু— হায়য়ু অমুক্তং
রাখল কয়া কান্নবা কান্নদবগী
শুগ্নগী ফজবা, থাজবা অমগী
থাজবা কয়া থমদুনা।

ঙসিদি— নত্তে হিংগদবা মীতোপকুম, মীতম্বানশুম;
অরাবনি— রাখল-কিরেপ য়াওদ মহৌশা মীরেমশুন হিংবসি!
অপঙ-অশিং, অফ-ফত্ত রাখলনা শেম্বা ওইরবস্থ
অপঙদি কান্নদে সমাজদা
কান্নবতনি সমাজবু পঙথহন্বা অহোয়না।
অনেম-অবাং, অচৌ-পীকশ নাইরবা
মীনোক-মৈশা তমথীবনা থন্নবা

হিংনবৈ মুংশিংফাও ময়াং কাইরক্পব মতম্‌সিদা
নীংশিংজ্রবরা লৈপাকলৈ অমদি মালিকাগী ৱারী।
তৌইগুম্বগুং—
পুন্সি-খোঙচৎসিদা খোঙলোম্লনরিবা
মতমনা নঙবুদি কনা নীংথিনা খঙলবনি
নঙতনা খঙবা ঙমজদবনি!
১৯৮৬

## কম্নাইবা

ঙশেংনা ছায়রবদা—
অমুত খুজোক থক্লিংদবা কনা য়াওবগে,
ওইজবা থিদবা, ফুংঙাইবা পামদবা কনা লৈবগে ??

মীথা-পোম্বা কম্নাইবা
চংতবা য়াদবনা মচংলি
তৌদবা য়াদবনা মতৌই
চাগনি-থকনি কাউথোকই
অওবগী য়াথং ঙাকপদা
থৌদাং কয়া পাঙবদা।

সরকারগী লোয়শঙ্‌ কান্নিবা
অফব-অশেংবা শান্নিবা
অঙম-অথৌ ওইন্নিবা
বায়েল-কাটি পায়রিবা
লৈঙাকপশিং পুন্না বারী শাই—
সমাজগী য়াইকনবা, লৈবাকী চাউথংনবা ;
অশোয় অঙাম থোকহৈদে
য়াথং কাংদ পীথরকই
কম্নাইবশিং শেম-শাই।

হাবী-জাবীনা থল্লবস্থ
কম্নাইবশিং বাখল-লংজিল থিরি,

লৈবাক-প্রজা লোয়া হিসাব তৌবি;
শেন্দোং পাশি কদায়
শেলেপ মাঙনি কদায়
তুমিন-তুমিন— ঙমদে য়াকৎচবা মুংহিক্লা!

শেন্দোং য়াওই য়াওদে
ভলব হেল্লি হেন্দে
মেমোরেন্দাম, প্রোপাগান্দা, শ্লোগান....
লৈঙাক-পথাপ হোংগদবনি
হাজার-ষ্ট্রাইক, বাজার বন্দ, অফিস বন্দ।
মীচম-শঙগন লৈজদবা
কম্বাইবশিং কম তাই
স্কুটার, ফিয়েট, মারুতি, কনটেসাসী মহুত্ত
সিটি-বস, রিক্সো, একা-গাড়ী, ঘোড-গাড়ী....।
১৯৮৫

## অহাঙবদা

অলাং-থা, নিংথম-থা ঋতু কয়া কয়া
অসুম লাকই অসুম চৎথি
অমগী মথং অমা।

রাখল চোয়র' অঙাওবদো নত্তনা
ঐহাক মীপাইরুদে মীহৌরুদে
সৌর-জগৎকী অয়ুংবী কয়াগী থোঙচৎ
গ্রহ-উপগ্রহ-থরাম্মিচাকী পুক্নি।

অঈং-অশাগী চাং হেঞ্জিল্লক্লবসু
পোনগী চেক্লাগুম খাঙলি কাসিদা
থঙদে কয়াম কুইনা লৈখি'দবা;
'সিমসু থঙদে— কনাগী রায়েল-থৌদা য়ারিবা
অঈংবদি পীদনা কল্লা ময়ুংঙি সিলিং-ফেন
য়ুহার-ছাই ঐগী রাখল-পুক্লিং
অশিৎ-অরাম্বাগী রানাগুম।

মীসু হিংঙি, ঐসু হিংগদবনি থল্লকঙে
চা-চল্লন, লৈহাউ-লৈরেনগী মনম্না
থঙহৌদনা থম্মোয়দা শাফু অমা পীরে
পান্দে ফংবগুম হরাওজরুই কয়ামা;
ঙাইহাক উরু-রু লৈশিন্দুনা লৈরম্লগা
তপ্না তপ্না তিনথি অসুম অহাঙবদা।
১৯৮৫

## তোমবা-জীব

লুকমায়দা হাত্নুনা য়োম্লিবা
ঙারি-ফুমায় মঙ্গুংদা য়াওরিবা জীব মচাহু
মন্দা হায়ফেৎ মুংঙাইজরম্বি—
ঙসিদি লাইবক ফত্রেদা
ঐখোয়গী ইমা-ইন্দোনশিংশে মুংশি-হৈত্রেম্বা !

নোংমতা কাংদে— লৈথোক-লৈশিন, পীথোক-পীশিন
কৈথেলগী কাচিন-কোয়' শিন থুংঙি
মীগী মী ঙাক পীক থম্লি
চিথহৌরনি মতাপুম মথং মথং চিখদনা লৈশিল্লি
ঙরাংগী অমম্মুং হয়েংগী রাম্মু নীংশিংদা ;
ঙারি-ফুমায়—
নোংমতং বন্দ মুমিৎকী মুংঙাইবম্মু
থঙহৌদনা মিকুপ্তা শায় মাঙখি।
১৯৮৭

## কমিশন

বাবু সাহেব অচৌবনা
লোম্না অরোম্বা থবক চংথে
প্রজা মীয়াম উম্নহৌই ;
শাশন পায়রিবা সরকারনা
মীনাই চাম চাম থাজিনকই
প্রজাগী মচীন মেন্নবা,
লৈবাকী শান্তি ভাংবা— ।
মীকিথী মীতম্বান শাহনা
লোম্না তুমিন লৈ'বস্থ য়াংনৈ
শান্তি কায়খিনি শোঁনৈ ।

অচাউরম কাবা, অচুম্বা পাম্বা থরনা হায়—
না সরকারগী— না ঐখোয়গী,
সরকার কনানো— সরকার শেমলিবা ঐখোয়নি ।
সরকারগী কাণ্ডবুনা হায়— নখোয়না প্রজানি
প্রজাগী য়াইফনবা থৌরাং-থৌশিল ঐখোয়গী খুত্তনি
প্রজানা থম্নগদবা নত্তে ঐখোয়না থম্নদৌবনি
প্রজাগী-চীন চংকদবা নত্তে, সরকারগী 'চীন চংকদৌবনি !
মত তিম্নদবা কাণ্ডবু মশেল মরৈয়েংনৈ
য়ৈথায়নৈ, হাংতোক্নৈ – অঙম-অঙম্বা ;
কোয়চেন চেন্নৈ রায়েলবিনবা অচুম-অরান—

মহি-মহি ভাংনরকই—

মীয়ামগী মাঙনবা তৌরিবা সরকারগী য়েরুবা কনাদনো
লৈবাক্কী শান্তি থুগায়রিবা কনানো
ফাজিল্লু— জেলদা থমজিল্লু
চারা নামতা পীজৌ
মপাঙ্গল-মথৌনা মাঙহল্লু
লুপা লিশিং লিশিং হৈজিল্লু
সরকারগী লৈজবা শক্তি শিজিন্নৌ
শেম্মু — অনৌ-অনৌবা শক্তি লৈবা কমিশন
শুপ্নতগী কম্রিশন, কমিশন —।
১৯৮৬

## অঙম্বগী শঙ্গায়

কনানা খঙনি
নঙ-ঐ মফমসিদা মতৌ করম্না.... ?

কনা উত্রবা অঙম্বগী শঙ্গায়দা।
ইনিংথৌগী কম্নাইবশিং
বা তাম্নৈ চীবোম-চীবোন—
লৈবাক-প্রজা মীয়ামগী
থৌদোক-বাথোক কয়াগী
নঙগী-ঐগী মরমগী।

অফ-ফত্ত, অচুম-অরান
খঙৈ— মথোয় মশেল
মীশিং য়াম্বা লিকপগী
লৈফম-খোকম্না কদায়দা ?
চাবা-থকপনা কমদৌনা ?
খরনা হায়— অমা নত্রগা অনী,
অমনা হায়— অনী নত্রগা অহুম ;
অমগী বা অমনা লৌদে
অমগী বা অমনা তাদে—।
অকনবনা অচুম্বা শাই
অশিংবনা অশেংবা শাই
অঙম অঙম্বা শানৈ
অঙম্বগী মিংচৎ শোম্নৈ।

মিহৌ-চাউয়বা কম্লাইবশিং
লোম্না অঙপগী শঙ্গায়দা
বা তামৈ ইনিংথৌগা
লৈপাকী য়াইফনবা
মিংচৎনু হেন্নবা।
শিলঙ, ১৯৮৩

নাপল

শুক্মংপগী মিংয়েংগা মাওহুম্বগী থৌনাগা
করম্বা শক্তমনো, করম্বা শক্লোম্নো—
রাখল নত্তে— রাখলদগীসু হেন্না তমথীবা
লেপ্তে শারিবা জগোয় রাখল-পুক্নিংগী অকোয়বদা।

কজবা হায়রগা অচুম্বা
অথীবা হায়রগা অরাম্বা
'সিদৈ হেম্বু করি নৈ ?
অহুগা, নৈতবসু নত্তে মফমসিদা
অচুম-অরানগী রায়েল,
নাপলগী চৈথেং খাঙ্ঙমদবা কয়া !

করিদা কজরে হায়ছুনা কম্রিগী নাপল—
শক-ফজবগী, মহৈ-মশিং-হৈবগী, থৌনা-ফবগী ?
কাউজন-থীবা মীওইবা— উনা উনা উদবগুম
তানা তানা তাদবগুম—
শক-থীবা, অান-লৌশিং শোম্বা
পাঙ্গল-থৌনা রাংপা
নৈরম্লোম্ব থনবরা মাপীসু অমা
পুক্নিংবু শুক্মংওম্বা অচুম্বা-মিংয়োং !
১৯৮৬

## লৈতাম্রবা রাখল

তরং তরং নোংমদোলদা থোক্লিবা
থবাম্মিচাকশিংনা পাম্লিবদি ঐবু লৈতাহন্দবনি !
থাজদি হায়নৈ— থৌজাল-হৈবীনি
ঐদি থন্দবা ঙম্লোয় নাপল-চাউবীনি
হেলাং-থাংবী-মুজাগা পাংথক্লি !

মখোয়না নোংমদোল লৈকোয়পুংদা
ঐনা ময়ায়কারবা মালেমসিদা
করম্মদি নাক-থাবা ফংজগনি
লমলাম্নরবগুম অস্থুক তামনরবসিদা ;

হিমালয়-চীংনা ফনা রাংথুনস্থ
ঐগী পূক্লিং-রাখল-মিৎয়েংদগী হেজবা ঙমগত্রা।
নহাক হায়রু—
নখোয় 'পুম্বা ঐগুম্না থম্বীবরা ?
থম্মোয়সিনা বারিবসে ঊবিবরা ?
অশেংবা পাউথুমদি গুপগী মালংদা তিনখিনি—
ফংলমগনি করিগুম্বা নোংমদোলগা মালেমগা শম্নরম্লবা,
নোংইন-চেক্লাগুম শাথপ তোয়না পাইবা হৈরম্লবা !
১৯৮৭

## করিগীনো

মশা নানবী মুপীত্না
মমায় হায়কেৎতং থাংগক্না
মূনা ঐঙোন্দা য়েংলকখি।
থোয়না পংখন খল্লদনা চৎলিঙৈ
চৎনা চৎনা নীংশিংলকখি—
মচাক্তো লৈশাবীনি, শকহেন্বীনি
তৌবগীদি শুপ্নগী শক্লোন্দো পাম্মুরকখি ;
মত্নদনি ঐনা খল্লুবা !
মত্নদনি ঐনা রারুবা !
মাদি খল্লমদবা য়াই
ঐদি খনখি—
তনৌরবী মহাক্না করিগীনো মুংশুক-মুংজানরিবা
ফুট্-পাথ মপান্দা থামত্না লৈরিবা
পুলিশ-গাড়ী মন্নুংদা !
ইম্ফাল
২৯ জুন, ১৯৮৮

## মিৎয়েং অমা

পান-দুকান— কাম্— হোটেল
ইম্ফাল, তাং ৫ । ৮ । ৮৮ ইং
মতম— মুংখিল, পুং মরি ।

কাংভৌ অমা, বরা অমা
মাঙদা শন্দোক্লুনা লৈ
মাঙগা মাঙগা ওনশিন্নৈ
পুন্সিগী মহাও খিমিন্নৈ— ।
মুপী-মুপা, শাবী-শানৌ, মা-ঐ
অমমম্না খুজিং ওই
অনী-'নীনা মপুং ওই
'সিদবু নাইতোম তারুবা.... !

কাংভৌগী মথেন্দা
বরাগী মহ'ওদা
পুন্সিগী অনৌবা মহাও লৌভম্না
ড্রসিদি ঐসে অঙকপা চিত্রকারনি
কলাকারগী কলাকারনি ।
অদুবু !
লৈতা লৈরবরা— লৈ-লাংবা, লৈ-লাংবী
ঐগুম্বা মাগুগী কয়ামা
কাংভৌ বরাদা থবায় লুপ্ন্বদগী লুপ্ন্বা.... !
১৯৮৮

## খোঙচৎসিদা

লাপ্পবু লৈরবস্নু, নক্কবু লৈরবস্থু
নহাক থরদি হায়য়ু
ঋাহৈনা থরদি কোঙদোকউ
গুপ্পগী থরতং ওইরবস্নু।

ঐগী মিৎ-নাকোং করি
তাবমক ফংত্রবস্নু
ইমিংসিনা উজবা ফংনবা
ঈঙ্গিং থরদি তৌরকউ
করিগুম্বা লোম্থোক্ত্রবস্নু !
থঙরোয়—
ঋাহৈদি ঋাহৈনি
ঈঙ্গিত্তি ঈঙ্গিংনি
লোম্থোক্তবগী ঋানি
অর্থ য়াওদবনি।

নঙগী ঋাঙাং তারগা
নঙগী নতৌ য়েংলগা
পেঙগনি থম্মোয়না
ঐগী আশানা মপুং-কা
মঙালগী চেংজেল ওই
শান্তিগী লম্বীসিদা।
১৯৮৭

ঐনা লেপ্লিবা মফমসি
অম্লুম অম্লুম চিনশিল্লক্লে
মুংশা-স্বর হোম্বা ফাওবা ৱাশিল্লক্লে
কমদৌনিসিদি – কমদৌনি, খাঙখিসিৱা !

ঙরাং অমা, ঙসি অমা, হয়েংন অমা
অরি-অনৌগী ৱাখন্দা
অহেন-হেন্দগী লমজেন্দা
মালেমদা শান্তি লৈতৱে
য়ৈদনা কাংক্রম মকোম্থোক
ৱায়েল-পথাপ্তা মতারে।

তানা-তানা, উনা-উনা
না-তাথিনৱে, মিং উমত্রে ;
অপাম-পামদগী লাঁচিংদা
অয়ুক-মুংথিলদা লক্কাংনৱে।
লম্বীদা, লম্বীগী চিদায়দা—
পুন্সি-লম্বী চৎপশিংগী খোঙজেল,
লম্বীদগী পাইথোৱকপা উফুল
কদোমদবু পাংলমগৱ— অচীকপদা!
মরক'সিদা ঐদি—
উফুল ওইনা হিংনীংলে,
মুংশিৎকা লোয়ননা পাইনীংলে,

মঙাল ওইনা চেন্নীংলে।
কমদৌনি পৃথিবী, নঙস্থু-ঐস্থু
লাইবক্তা তম্বনা অমা
নঙ-ঐনা পাম্বনা অমা— ।
য়ায়বদি হৌনছনা চৎপ্রসি
করিগুম্বা চৎপা তায়বদি
লাক্লবনি খন্দুনা
ঙসি হয়েংসিতংদি য়েংখিসি
খুদম অমতং থমম্সি।
শিলঙ্, ১৯৮৪

## কল্লিগী তজীদে নুংশিবা

তুমিন্ন, তুমিন্ন 'সুম লৈথ্রমান্নে
খোঙতেক মিত্তাংবা শাত্নুনা !
উত্রবরা, তাত্রবন্না শকহেন্বী
পংলাপ লাপ্তা নশাইগোন্দা
ইনক-নক্লা তাম্নিসে—
লম্মুক্লবৈ মীকপ-মীন্নাউখোল
পান্মে লৈত্র' কয়াগী !

করি মুংগী য়াইফ-রাখল
করি মুংগী য়াইফ-থৌজাল
ঙাওরে— ঙাওনরে ঙম্নমক
ঐসু মাসু নঙসু !
রাখল কয়া ঐনা খন্নে
আশা কয়া ঐগী লৈজে
মাগীসু শোয়দনা লৈরমগনি
রাখল কয়া, আশা কয়া ;
পুম্নমক কৈদৌননি—
নঙনা ঐবু খঙত্রবদা
মাগী মাঙদা লেপত্রবদা।

নঙগী তম্পাক চাউরকৈ
নঙনা নোকপদা নোকলকখি
নঙনা কপ্পদা কপলকখি

মচুনা নঙগী হিংলকলি
হিংহনবনু হিংহল্লি।
নঙবু খঙবদা রাবগুম
কনানা নোক্লবোই খল্লিবা
কনানা কপ্লিবোই নীংলিবা
করিগী ঐবুদি খলহল্লীদে ?
নঙগী মায়খোঙ উরগা কপনিংঙি,
নঙগী শক্লোন উরগা নীংঙমদে !
হায়রু, ইমা মৈতৈ পোকপী—
নঙবু তাত্রা ঈরাউখোলসে,
নঙবু উত্রা শক্লোনসে ?!

নঙগী রাখলদা হিংজবা
নঙগী কুম্মৈদা পেঞ্জবা
ঙসিদি মুংওল্লে খম্মোয়সে ;
উরিবা শক্লোন, তারিবা খোঞ্জেলনা
পেন্দনা পেম্বা তাহল্লবা
ঐবু তাথীনা খম্বীরবা।

সভ্যতাগী খোঙচৎ অমদা
থাংখিবা খোঙথাং কয়াদা
নঙনা রাখল চোয়রকটৈ
লৈরকথি ঐখোয় পুম্বা
নীংতাইদনা ভুমখুন তাঙ্কুনা— ।
বিদায়গী-শৈরোই নঙনা

ভাহনথিদে মুংশি-য়াকাইরোল
গরীব-নিবাজ হাক্তক্তা
অমূকস্থ— চুরাচান্দগী মতমদা !

নঙগী থৌজাল লৈরবদি
উচ্চনিংবনি থৌনা অমা,
নঙগী য়াথং ফংলবদি
হংজনিংবনি রাহং অমা
অচুম্বা ফজবগী দমক্ত
কথোক্লিংবা রাখল-পূক্লিংনা।
অহুবু !
নঙনা পেনবীনি খনত্রে
থৌজালবীনিস্থু নীংত্রে
কাউরক্লবদা ঐসে নঙগীনি !

রাখল চোয়র' অঙাওবগুম
গুপ্পা কাউবা হৌরক্লে
মিৎয়েং খুদিং থেম্নয়ে
থেম্নবা পূম্বা তমথীরে !

ঐনা মাবু মুংশিদে
মানস্থ ঐবু মুংশিদে
মুংশিগে থক খল্লুদে
নঙনা ঐবু খনবগুম !
মহাক কনানো ঐঙোম্বা হংল'হু

ঐহাক কনানো মাঙোন্দা হংলুন্নু
খুন্নরোয়— তাবিররোয়— ঙাওয়বনি
মুংশি-হৈতবা মিৎয়েং ঙাক্তনা পুথ্রবনি
অচুম্বা অশেংবা য়াওত্রবনি !

ঐবুদি ঙাওরে হায়রম্নু
নঙবুদি ঙাওরে খল্লিংদে ;
ঐবুদি তাথীরে খঙল'ম্নু
নঙবুদি মুংশিদে হায়নিংদে।

শক্লো ইমা পুকফবী
শক্লো নৌহৌনা য়াকাইরোল
শৈশক-শৈরোল শুনা শক
শুন্নাৎপীরো থম্মোয়সে।
মাবু কত্তে হায়বীরম্নু
ঐবু ঙাওই তম্বীরম্নু
নপারী-নমোম ঙাক্তনি
থৌজালবীরো থিন্দনা—
মুংশি-শৈরোল শক্লুনা
তম্বীররো মুংশিবা।
শিলঙ., ১৯৮৫

## রা তাংত, নূংগী থম্মোয়

ঐগী রাখল মিৎয়েংদা
কনানো অমা অস্থম ঐগী অকোয়বদা
করি হায়নিংলিবা নোংমতস্থ হংলুদে,
নোংমতস্থ হংখিদে— ঐবু করম লেল্লিবগে.... !

নঙনা ঐগী ইমিগুম কোয়রিন ইরিবা
নঙনা ঐগী পাম্বৈগুম পংখন খলহল্লিবা
হায়য়ু — ঐদি অঙাংনি, নহানি, অহলনি
অঙাংনা অঙাংগী পুন্সিবু খঙব্রা,
নহানা নহাগী পুন্সিবু খঙব্রা,
অহলনা অহলগী পুন্সিবু খঙব্রা ?

পামজবনি—
অঙাং ওরইবস্থ অঙাং অমা ওইবা
নহা ওইরবস্থ নহা অমা ওইবা
অহল ওইরবস্থ অহল অমা ওইবা।
অদুনা হায়য়ু, নহাক হায়য়ু -
পুন্সিগী মিৎয়েংদা
অঙাং ঐগী থোদাং
নহা ঐগী থোদাং
অহল ঐগী থোদাং।

ঐগী পাঙদবা পুম্বস্থ মাঙহন্নু

নঙগী মুংশি-মিংয়েংঙনা;
ঐগী অশোম্বা পুম্বস্ু খঙহন্নু
নঙগী রাখল থৌনাতনা।
নত্তে নঙনা মীখা পোনগদবা
নত্তে— লমলানবগুম, থম্মোয় পান্দবগুম, লোম্বোক্তবগুম
নীঙাইদনা অস্তুম লৈগদবা;
নঙদি মায় পাকদবনি—
লানঙম-ফিরাল থেৎকদবনি।
অদুবু, রাখল 'সিমদি খল্লুম্ু
রাহৈ 'সিমদি হায়রুন্নু—
মরুভূমি লৈকংলা
য়াকচীংগী নোংনা কৈদৌনি
ঈঙা-নোংলেন মরুবু
তৌঙমদ্রবা থবকপু!

মচু কয়ানা লৈত্তেংলবা
শক্লোন কয়ানা থল্লবা
ঙসিগী পুংফম 'সিদা—
রাহং অমা হংনদ
রাহৈ অমা ফোঙ্‌নদ
ঐগী ইতৌ ঊরগা
ঐগী ঈপাউ তারগা
ঐবু রায়ে থক খঙ্বীনু
ঐবু মুংঙাইরি থক হায়বীনু!
মরমদি— ঊরুরে ঐস্তু

মুংঙাইবনা নোক্লম্বা অৱাবনা কপ্পগা।
অদুবু! মুংঙাইবনা মুংঙাই শোনখিদে,
অৱাবনা ৱায় হায়খিদে।
ঐনা খনখি মৱমদু—
অদুবু, খল্লু খুদিং লম্মুক্কে!

অমুকন্দু অন্নুম্না খল্লকই—
অহোংবা নাইবা তাইবংসিদা
পোকপা নাইবা খুদিংমক শিবা নাই
শিবা নাইবা খুদিংমক পোকপা ন'ই।
তৌইগুম্বশুং— কদায় নঙগী-ঐগী
অহৌবা, অৱোয়বগী ৱারী!

ৱাকুরগুমসি, ৱারৌনগুমসি—,
থম্লগুমসি থম্মোয় অনীগী খেন্নবা;
লৈরগুমসি ৱাখলগী-লাংদা থুত্তনা।
নঙগী মুংঙাইবা ঐগীনি খল্লগে
নঙগী অৱাবা ঐগীনি নীংলগে;
ঐনা নঙগী ওইনা লেপ্লবদা
নঙনা ঐগী ওইনা লেপ্লবদা
কনাবু কৱিগী চিংনৱি?
নঙগী হৈনিংদনা হৈনৱবা
মুংশি-হৈবনা মুংশি-হৈত শাৱবা
মগৌশা নত্রবা থম্মোয়'
ৱাহল্লগুমসি মদোম— ৱাহল্লগুমসি।

কল্লবসু পুন্না কপসি খোঙ্গেল খোল্লা
নোক্লবসু পুন্না নোকসি খোঙ্গেল হোনা।

ঐস্‌মু লৈরে ননাক্ত
নঙস্‌মু লৈবীয়ু ইনাক্ত
নপাউ ঈপাউ হংনসি
তরাম-তরাম তম্নসি
নত্তেং-ইত্তেং পাঙনসি—
নীংহন্নবা য়াওদনা
অর্-অনা থিদনা
শান্তিগী-পাউজেল চেল্লসি
মচুগী কুম্মৈ উংলসি।
লৈকংলাগুম থম্মোয় পান্দবসু ওইসন্নু
উপাল ওইরে পামেল মউতবু ওইসন্নু
ৱাকচীংগী নোংবু ঙমজনা
থম্মোয় লমদম ফাওনবু
থম্মোয়না থম্মোয়দা ৱাকৎসি।

কৈদৌবগে মরূপলোয়—
থৱায়গী করম্বা ময়েক্লো
থম্মোয়গী করম্বা তাম্বানো
শক্লো তম্ন তারসি
শৈরে'ল, শৈরোই নীংথিবা।

নত্তে, লাংতক্কন্নবরা, চিংনরবরা
মতমচু নত্রবদা অমনা শুরগা

তরাবু থাকপা ওম্বা,
অমনা ওাংলগা তরানা তাখিঁবা ?
অহুবু !
মীমুংশিগী-ঈহৌ লাক্‌্রবস্থু
মুংশি-ঈথক হৌ'ব্রবস্থু
অপুবগী লিপুন তৎপ্রবস্থু
অচুম-চুমদগী লান্দা
থাৎতনা লৈরে থম্মোয়দা—
মুংশিবগী মুংশিবা, য়েক্নবগী ওমথীবা
ডিনামাইট্‌কুম শাথীবা... ।

তাওনে—
অমুক অচীকপদা, অমুক অমম্বদা
নীংবা কায়বগী মতৌগুম
নদোম তুমিন্‌ করি খল্লিবা
মরমস্থু হায়য়ু, মরমস্থু তাকউ ;
ব্রহ্মাগী কমণ্ডলুগুম নওগী থম্মোয় য়াই
করিগী নীওাইদ লৈগনি
করিগী নীংওমদ খাওগনি !

নওগী চাক্লবা থম্মোয়মুংদগী
চেম্বরকপা ঈচেলগী ঈরাউখোল
তাহল্লু মীয়ামদা— তাহল্লু ।
নওগী লাউখোরকপা খোল্লাউ তারগা
থরাম্মিচাকস্থু কেল্লনি মচোয় মচোয়

ঋুমিৎ-থাস্থ্ চেল্লনি থিজ্জনা ;
করিনা— নঙদি মুংশি-হৈবা থম্মোয়নি
অচৎ-চত্ত পূম্বগী
য়াইফ-বাখল থগ্গবা
অচুম্ববু থাজবা অচুম্বগী পূজারীনি
মতমগী পাঙ্গলবা নহা অমনি।

মশা-মশাগী থম্বদা কঙ্‌ঙাওনরবা মীওইবা
মখোয়গী পিগী-মরিক থরনা
নঙ-ঐগী থম্মোয়বু চোৎহনবা ঙমলোয়
ঙমলোয় ঐখোয়বু মায়থীবা পীবা ;
ঐখোয়গী থম্মোয় লৈগুম্না খোৎকদবা নত্তে
নুংগুম্না কনগদবনি— নুংগুম্না।

য়েংউনে।
নিঙাই চাউর-চাউরগা
অহাওবা চাবা ফংলিবা
অঙাং মাগী লাইবকপু
বিধিগী নোংদমনি হায়নিংদে।
থৌনা ফবদা লাইবক্না চাম্বগুম
থৌনা থোক্না লেপ্লসি
রাশক-পরৈ চেৎলসি
হিংবা নত্রগা শিবা।
হাপ্লসি, পীরসি, তাক্লসি—
অঙাং, নহা, অহল থায়দনা

ভোল্ল-ভার পুম্বগী
থৌনা কয়া থম্মোয়দা
বাথল কয়া পুক্লিংদা
থৌদাং কয়া পুন্সিদা।
খঙহল্লসি মীয়ামদা—
নঙ-ঐদি লানহৌবনি;
ছায়য়ু লানহৌবনি ঐখোয়দি
অয়াম্বা ফত্তবশিংগী মায়োক্তা
অমোংপা— মান্নবা খুন্নাইগী মায়োক্তা!

মতমগী খোঙলৈ তুংইন্না
লাক্লনি য়েংঙু সে বসন্তসে
অঙৈবা উনবু খোঙনেংননা—
য়ৌরক্লনি, য়েন্নরনি অমুকন্সু
থম্মোয় খুদিংনা খোয়দাবা।
অহুবু!
কুমওন মশিং য়ামত্রবন্সু
মিকুপ অমতং ওইরবন্সু
খুইথরবা উপালগুম
মীওই পুন্সি কয়াগী
থবায় কয়ানা পামজবা
কদায় বসন্ত— নঙগী-ঐগী
শুপ্নগী নঙগী-ঐগী!
শিলঙ, ১৯৮৪

# ৎলখিনি, খোইমু ঈল্লখিনি

**ৰগী কবিতা**

'থম্মোয় থম্মোয়দা ফাওহন্নু
নঙগী মুংশিবা, নঙগী ৰাখল।"
(কবিগী কবিতা, লাঃ ৫)

**পূকনিং-লমন**

"হায়গে হায়না হায়বা নত্তে
ইগে হায়না ইবা নত্তে
পূকনিং-লমনবু শিংবনি
অঙম্বা খরা শৈদমজবনি—
মতমগী তোর্ব্বান্দা ফমজুনা
মালংগী মপাউ ভাইজুনা।"
(পূকনিং-লমন, লাঃ ৪৭)

**ঐগী কবিতা**

"লৈকোন্দা শাৎপা লৈরাংনা
চিংনদনা কেনবগুম কেল্লবসু কেজনি।
(ঐগী কবিতা, লাঃ ৭১)

**লাইরিক ফংফম—**

১। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদগী লোয়শঙ, পাউনা বাজার ইম্ফাল।

২। ইয়ুথ, লিটেরেরী ক্লোণ্টগী লোয়শঙ, বনতারাপুর, কাছাড়।